এডুকেশন ডিপার্টমেন্টকী অভাংবী পাইথিক তাক্কদবা মনা ফংলবা

# বীরবলগী বারী খর

খোমজিনবা অইবা: কেং ব্রজমনি শর্ম্ম

মমল — রুপা ৫/- (মঙা)

অনিশুবা কোংবা

# বীরবলগী ৱারী খর

অইবা :—
শ্রীককচিংতাবম ব্রজমণি শর্ম্ম

লাইরিক মমিং :— বীরবলগী বারী খর

খোমজিনবা অইবা :— শ্রীককচিংথাবম ব্রজমনি শর্মা
ককচিং খুনৌ



কোপী মশীং ৫০০।
অনিশুবা কোংবা :— ১৯৮৭ ইং, মার্চ
সত্ত্ব পুম্নমক অইবগীনি
মমল :— লুপা ৫.০০

ঙাপ্থম :— এম ডি ব্রদর্স পব্লিসিং, প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরি কো
ককচিং — ৭৯৫১০৩

লাইরিক মশিং :— বীরবলগী বারী থম

খোমজিনবা অইবা :— শ্রীককচিংতাবম ব্রজমনি শর্মা
ককচিং খুনৌ




কোপী মশীং ৫০০/
অনিশুবা কোংবা :— ১৯৮৭ ইং, মার্চ
সহ পুস্তক অইবগীনি
মমল :— লুপা ৫.০০

ছাপম :— এম ডি ব্রাদর্স পাব্লিসিং, প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরি কো
ককচিং — ৭৯৫১০৩

# বীরবলগী ৱারী খর

মোগল নিংথৌরেল আকবরগী দরবারদু "নবরত্ন দরবার" হায়না খঙনখিবগী মরমদি বীরবলশুম্না লৈরাক্লোন নীংখিনা খঙবা, শীংথাবা ৱাবা অম্মী ওইবা অদুগা থোইদোক্না লৌশিংগী লাম্বা লৈতবা গুন্না লৈরেংবা মখোয়শিংনা লৈরেং ওংথিরক্লনি। বীরবলনা "ব্ৰহ্ম" হায়না মমিং ঙম্মোক্লুনা কবিতা কয়ামরুম ঙমদু ইখি; মখোয়দুগী মতুংদা থরদি ভরতপুর ম্যুজ্যমদা হৌজিক কাওবা থম্নি। আকবরগী দরবারদা য়াওখিবা অহুম অথৌশিংগী মরক্তা বীরবল নত্তবা অতৈদি মুস্লিম নত্রগা আকবরগী অনৌবা ধর্ম দিন-এ-ইলাহি ওইরম্মী। বীরবল মতোমতনি হিন্দু ওইনা লৈখিবা। অদুবু আকবরনা মতোন্দা থমখিবা থাজব মুংশিলহুদি অতোপ্পা অহুমশিংগী মরমদা ওইখিদে।

অয়াম্বনা বীরবল হায়না খঙনরবা নিংথৌরেল আকবরগী লৌশিংগী পুকৈ ওইবা অহুমসিগী অপেংবা মমিংদি মহেশদাস কৌরম্মি। হৌজিক্কী টিকবানপুর হায়না খঙনরবা, নভিবিক্রমপুর শাগৈগী লাইরবা ব্ৰাহ্মন ইমুং অমদা মহেশদাস মমুনা ছুরেন তোর্বাপ্তা লৈবা খুঙং মচা অমদা পোকখি। মহাকী থোইদোক হেক্নোকপা লৌশিংগী অমদি হৈ-শিংবগী থৌদোদ লৈমিন্নখিবা মঙবশিংনা মহাকপু কনকখি। মসিনা মরম ওইদুনা "মহাকপু

হাংনেনবা পরো কয়া লেপ্পনা লীনখি। মহাক্কা অক... লানথমগী চাউরবা লম্মী তেঙ্গোল অমা পুরগা লান্দাবা চৎপদা লৌনম তোঙ্গনা হাংখি হায়রৈ। মহাক শিবদা তেংবাখিবা অমাবা ঊৎখিবগা মায়না অতৈ অতোপ্পনা শিবদা নিংথৌরেলনা তোঙখিদে।

মহাক শিঙ্গবদু লান্দি মায় পাকখি অহনা লাঙ্গোবশিংবু নমথখি।



# [illegible] ভাকপা

# দণ্ডি

নোংমগী তৌগদবা থবক পূম্নমক মীংথিনা পাঙথোক্লবগী ভুংদা নিংথৌরেল অকবরনা মহাক্কী থোইদোক হেন্দোকপা গুন লৈবব মন্ত্রীশিং অমদি অঙুম অথৌশিংগা লোয়ননা দরবার কন্নীরম্মী। ধর্মগী মরমদ অমদি লুম্ব লুবা বিদ্যাশিংগী দর্শন কয়া নৈনবগা লোয়ননা লৌশিং তাম্নবগী কুইম্ম তোই। খোংথাং খুদীংমক্তা অঙম্পশিংদি লায়রকুনা আকবর কাওবনা বীরবলবু মায়থীবা পীবা ওমলমদে। অদুম্বা খুদিংমক্তা মাগী মাপী থোংগাই পাঙথোক্লবগী ভুংদা নত্রগম্বু পাঙথোক পাঙথোকনা বীরবলদা মায়থীবা পীনবা শরো থময়মই। নিংথৌরেল আকবরম্বু মথোয়ন্তুগী মরক্তা অমনি।

নোংমা নিংথৌরেলনা মহাক্কী চিল্লবা থৌ ময়ামদু মায়োক্নশীদমক অয়ুক অঙনবদা কিল্লেং নৈংনেংলিদুদা। লুনা চায়া থমজবা মশু নুপানা মাগী মনাক্তা চেনশিল্লক্লমই অদুগা হৈযরকই, "বাবা! বাবা! মহাক্কী কোই মরক্তা অমুব য়াওরে, নোক্লরকই লোয়দোকপিগে।" অদুগাংবু থোইনা চায়া তৌজবা আকবর অদুগীম্ম মমক্তা মুম্বা শম-কোই হৌরবা নিংথৌরেল মশুগী নুংশিরবা বাহৈশিংদু তাবদা নুংশিনা নোক্লরকখি অমম্মুং অক ফত্তা লৌশিং লৈরিবা অদাংনা নাইতোম তারবা কোই অমুবদু অতোবা ময়াম॥ মরক্তগী কয়া চিংথোকখিরে। মদুদা

অনাবা ক্যাওরবা মপূংপোক্লা মশুদা ঙুংশিনা চৈথি। ইচম চম্বা খরায় তানা নোকচরিবা মশুনা. "বাবা ঙসিদি ঐনা ঙম্বীরেদো।" মশুবু থাদোকখ্রে মহুবু আকবরদা বাখল খরদি থনমলে। থৌদোক অসিনা কনাগুম্বা খরদা পঙহনগনি। কনাবু মরু ওইনা পঙহমলোংগনি ? লৌশিংগী সম্রাট বীরবল, ঙসিদি মোগল সম্রাটকী মথুংঙা পঙবা ঙারেদো।

অয়াম্বা অঙম্না কোয়না থৌগল্লবদা মোগল সম্রাটনা বা হৌই, "কনাগুম্বা অমনা ঐগী কোই পায়হুনা চিংলবদি মীদুদা করি দগি লীপদগে ? অঙম্বা পুম্নমক্লা মুম্না খল্লগা হায়বীরকউ।" মপু নীংবা শিঙদনা পঙবা পামদবশিংনা লাউনরকই, "মথুং অহুমক ককথংকদবনি।" কনা অমনা, "মহুদি মক্তিক চাকাঙ্ক্তে, নিংথৌরেলদা উশিং থওইদবগীদমক মখোঙ অনীহুদা থৌরিন পুন্নগা উত্তোম্বা য়ান্দুনা শিত্রিবা কাওবা থমগদবনি। "অত্তোম্বা অমনা "প্রান দণ্ড ...।" পুম্নমকসি য়েংলগা ভুমিন্না লৈরিব অহুগা মানা ঙাঙবদুতমু তানীংলিবা বীরবল য়েংলগা নিংথৌরেলনা কৈদৌরে বীরবল! দঙ্গি অমত্তা খল্লবদা লাম্বা কংক্রবরা। হায়রকই।

"জহাঁপানাহ! দগি ঐ খঙজে। অদুবু লোয়না হঙৎচনীংই।" হংনা তপ্পা বীরবল খুম্মী।

— নত্তে! মীয়াম মমাংদা হায়বু।

— অদুগুম্বা মীশক অহুদা খাইদগী হাউরবা অচা-অথক পীজবগা লোয়ননা অথাকপা লৈতনা ঙুংশিবা উৎনা চুম্না অমনা দগি ওইনা পীকম থোকই।

মখোং খঙদবশিংহুনা লাওনরকই, "কৈদোৱা!" খরনা নোক্লহুনা "বীরবল চাওরে, বীরবলগী মুখিং শুরেদনা।"

পুকচুংদদি মাগী শিংলবা মন্ত্রীগী চুম্না উবা ঙবা লৌশিংদা পেল্লবস্থ মপাম্ফোংদা, "কমদোৱা বীরবল! শক্লোক্পা তাকউ, কন্নিগীনো অঙকপা দগি অসিদি?" নিংথৌরেলনা হায়।

মখুং লোমরগা বীরবলনা, "ঙক্লবা থোদো অহু পীক্লবা অঙাং অমা নত্তনা অতৈনা তৌবা ঙমগী মহিক লৈতে, অচুগা মচুমকম্বু জহাঁপানাহগী ইশু ইবুংঙো নত্তনা অতৈ অঙাংনম্ব ঙম্ফম থোক্তে।"

অচুম্বা উবগীদমক মীয়ামনা বীরবলবু থাগৎনখি।

---

# খ্বাইদগী হেন্না ফজবা অঙাং

আকবরনা অঙাংশিংবু লুনা চানা তৌই। থোইদোকনা অহল ওইরক্লবদা মশু-মচা নুংশিবা হেনবা হায়বসি অনৌবা চৎনবী নত্তে।

নোংমা দরবারদা আকবরনা হায়রকই— "যুবরাজ খুররমসি ফজরা? মানা লৈরিবা অঙাং অতৈসিদগীদি পুমহেন হেন্না ফজৈ হায়বসি য়ানিংদ্রা?"

মপুনা চানবা পামজবা অঙম্বশিংনা অচুম্বনি হায়না লাউনরকই। অওইবমকম্ থুরমদি ফজবশিংগী মরক্তা থোই-দোকপা ওইবনি। নিংথৌরেলগী য়াবা ইনবা কাওবুনা হায়না মশানম্ভ ফজরবা থুরববু মথল মথেল প্রমান তৌদুনা থাগৎ-নরকথি, মতুনা আকবরবু পেলহনথি। তৌইশুম্বম্ভুং মহাকনা থ্বাইদগী ফজনা থমক্রবা বীরবলদি ভুমিম্মা লৈরমই, মচুনা নিংথৌরেলদা মহাক্কী য়াকমচু অটৈনা চুম্মী হায়রবম্ভু বীরবলদনি চুমদে হায়না থল্লি হায়বা কাওহনথি। অদুগা হায়রকই,— "বীরবল নথাক্ত করিঙ্গীনো ভুথিম্মা লৈরিবা? ঐনা হায়বসিদা য়াসীংদত্র?"

— "ফজবগী অশেংবা চাংয়েং লৈতবনা পাউথুম পীবা য়ারে ওহা পানাঙ।"

— কাঁইগী? অদর গুলাপ ফজৈ, কাক্লা থী হায়বসি য়াদবা মী লৈত্রে?

— হোয়! অচুমকপু — !

— ঐনা কাম্মিনবসিদা নহাক য়ানীংদে। ফরে হয়েং চাং য়েংনবা তারে। অদুদগী নিংথৌরেলনা মাগী অনুম্বা ওমদবা থুদিংমক্তা অঙাং অমমম পুরগা কোনুংদা লাক্লনবা, শক ফজবগী চাংয়েং য়াওরনবা য়াথং পাওথরে। মথংগী ফুমিংতা ফজ-ফজরবা অঙাং অমমম পুরদুনা চাংয়েং য়াওবা লোইনা লাক্লরে। নিং-থৌরেলনা অমমম ওইনা য়েংই অমম্ভুং অঙাং থুদিংমক্তা অশোয়বা থি থিদুনা ঙাউই।

— মসিদি ফকৈ অহুবু মমীং খিঙং খুমল্লি। মসিমদি নোংমল্লে। হৌজিক কাওবদা ঐগী খুরম্না ফজবা হেল্লি হায়না ঐনা খল্লি। ইসে বীরবল নহাক্তি ফজবা অঙাং অমত্তা কংপ্রত্রা কৈদৌরে পুরক্লুবদি ?

— জাহাঁপানাহ, হৌরম খুদিং মপুং ফানা ফজবা অঙাং অমা কাওবা ঐ হৌজিক কাওবা কংদ্রি। মতম থরভগা পীবিগে।

মতম থর হৌদ্রে, অদু কাওবদা বীরবলনা অঙাং কংদ্রি হায়না হায়। চয়োল থরগী মতুংদা বীরবলনা আকবরদা মপুং ফান ফজবা অঙাং লৈহের হায়না পাউ পীরমে।

আকবর – অহুদি অঙাং অদু নহাক্লা পুরক্লিবা করিগীনো ?

বীরবল – ঙাকপীগনি জাহাঁপানাহ ! অঙাংদুগী মমানা য়াদ্রে। মীংয়েং তাবীনীংলবদি ঐখোয় অচম্বা মী শাহুনা চংসি।

বীরবলনা হায়বদা য়ানরে। অচম্বা মী শাহুনা নিংথৌরেলনা মী থরগা লোয়ননা বীরবলগা চংলে। সহরগী চিদাংদ য়োয়রক্লে, অয়াম্বা ফজবগী শক্তক লোইখিদুনা থাংশোকপগী ওইরবা লমদম য়োঁরক্লে। ভুংইমবশিংনা মফম অদুদা থ্রাইদগী ফজবা অঙাং লৈরম্বা হৌনদে হায়না ঙাংবা হৌরক্লমই। থর চংলবগী ভুংদা বীরবলনা উকুল ইথৈ তৈনা শামহুনা লৈরম্বা থ্রাইদগী থীরবা অঙাং অমদা খুদোঙ্গী খিল্লহুনা।

— জাহাঁপানাহ, মসিনি থ্রাইদগী ফজবা অঙাং হায়বহ।

— বীরবল অমুক থৌবা অঙাং অসিগীদমকতা নহাকনা ঐখোয়বু ৱাংল্লিব !

— ঙাইহাক্কগা ঙাইবীখিসি। মসিগী ফজবা য়েংবীযো। ময়ামতু ঙকচাননা য়েংলম্মী। ঙাইহাক লৈরগ অঙাংদু চেল্লুনা শায়বদা তুশিল্লমই। অংংহুগী মমানা চেস্থোরক্লুনা মচাবু পমথংলগা কপলিবা মচাবু থেমই— "ইচাদি সনানি, মনিনি। থ্বাইদগী ফজবনি। ইমানা লৈবাকসি ফুগানি। ইচাদ মরম ঙকই। থা মাল্লি।"

বীরবলনা মমাতুদা, "নঙগী অস্তুক থৌঐবা নচাসিদা নঙবা থা মাল্লি হায়রিবদুবু নভোয়ভা ইকাইজন্দ্রা ?"

নুপীহুনা শাউনা থুমলকই :— অহুমনা অমুক হায়রবদি ঐনা নঙগী নরৈ ককথংকনি। আগ্রাগী মঙ্গুংসিদা কদাইদগীনো অঙাং অমা নহাকনা ফজে থল্লগা পুরকউ, মতুগা ঐগী ইচাসিগা ফজবা ভান্নসি লাউ।" হায়না হায়না নুপীহু থাংপোক মঙ্গুংদা চঙ্ক্রে।

পুন্নমকসি উরগা আকবরনা, "মমা মপাগী মমীভা ফজদবা মচা লৈভবোইরে।" বীরবলনা ফেনজিল্লকই, "মপু মবেনগী মমীভম্মু"

# অঙাংগী নিঙাই

অঙুম অথৌ পুন্নমক তিল্লে। অদুবু বাদশাহগী মমীত্তা টঙ্গাং লাংনা উই। মচীন থোক্লা "বীরবলনা হৌজিক কাওবা লাক্তবসি করিগীনো? করম্বা অচিনবা লৈরবনো?" হংলকই। পাউথুম পীকম খঙদনা নৈনৈ। ঙাইহাক লৈরগা বীরবল চঙলকই।

বীরবল — কোটি প্রার্থনা তৌজরি জাহাঁপানাহ! ঙসি থেঙলকপগীদমক ঙাকপিয়ু, থেঙবসিগীদমক ঊকাইদে।

আকবর — ফরে। অদুবু করিগুম্বা থোইদোকপা মরম অমনা নহাকপু থিঙ্ঙল্লকপা নত্ত্রদো? মরমদু হায়ু তাসি।

বীরবল — ঐঃ ঐঃ

আকবর — অতুম তৌবদুনা হেন্না খঙনীংলে। হায়ু তাসি।

বীরবল — জাহাঁপানাহ! ঐগী ইচাম্বুপা চাহি মরিয়োমতমক শুরিবা— নিঙাই কনগ্রবা হায়'দুনি। মাগী শাম্নপোৎ কারখিবদুগী থেম্লৈঙেদা— তিল্লবা মীয়ামদুগা লোয়ননা নিংথৌরেলনা হৌনা নোকলকই। ময়ামদুনা বীরবলদা লাউশিল্লকপসু য়াওই। লাঙলিবদু কাথরগা বীরবলনা— ঙাকপিগনি জাহাঁপানাহ! মনাই ঐদি লামরদুনা লাই কাওবা অঙাংনা নিঙাই তৌগে হৌরকলবদি থেম্না শুম্লোই।

আকবর — ওইথোক্কবা বানি। লাইদি থমখিসি এ থেমুগে, নঙগী অঙাংঙু কৌহল্লু। খুদক্তা থেমগে।

অঙাংঙু কৌহল্লুরে।

আক — অঙাং, নহাক করিনো খর চানিংগ্রা নঙবু ?

অঙাং— হুজুর, চাজগে।

আক — মাঙি, মাঙি। হায়বু করি চানীংই। চানীংবদা পীনি।

অঙাং — চু চাগে।

মীশনা চু লৌহল্লুরে। মাংমনা থুনা চুশাং অমা থোক্লে, মকক মকক কক্লগা চাও হায়দুনা পীরে। চু মককশিংদু চাও হায়বা অঙাংঙুনা অমুক মাংঙ্গে; মপুম চাগে হায়রে। খুদক্তা অথোকপা মককশিংঙু পুথোকপ্লগা অশাংবা অমা পীরে। অদুবু অঙাংঙুনা চু মকক্লোমদা খুং খিল্লগা, অতৈ পামদে "সি পীয়ু"

আক — অদুবু-নঙনদি মশাং ওইনা চাগে হায়রবদাইনে।

অঙাং— অদু মক্তেকসিনা ওইরম্বা মপুমঙু চাগে, অতৈ পামদে: হায়গী মপুমঙু পীয়ু। মক্তেকশিংসি শমজিল্লো।

জ্ঞান মেন তাদবমথৈ অঙাং কপ্পা হৌগংলক্লে।

আক — ইহে অদুদি ওইথোকপা মারোই। মসি ওইনা চাওনেসে।

অঙাং — তল্লি তল্লি। ঐগী চু করিগী ককথৎলিবনো ? মারোই, চুশাংঙু পীয়ু। চুশাংঙু পীদবা মারোই।

আকবর – অহু মঙনা অমা হায়রু। মাদি য়াম্না কবনি। পোবীগেসে ঐ। তোকলো তোকলো কম্রনু। করিনো চানীংবা অমা হায়যুসে।

অঙাং – (কজিন্না কপলগা) য়াদে, শুকয়া য়াদে, ঐগী চু পীয়ু। তোকয় থঙলক্লুবদা আকবরনা অঙাংত্তু পুথোকথিনবা য়াথং পীরে। অঙাংনা "চুশাং পীয়ু" হায়না হায়মা কপ্লত্রনা থোকখ্রে। অঙাং থেম্বদা চুমাং কাংলবা আকবরনা চুমাং হৈত্তথোক হৈত্তথোক্লা হায়রকই– চুম্মীহে বীরবল মঙনা হায়বা। ঐথোয়সে করিগুম্বা মতমদা কপ্লিনু লৈত্রবা অঙাং অমনম্ভু ঈরায় লায়না অয়াবা পী, ঐথোয়বু চুমই।

* * *

## স্বর্গ যাত্রা

মন্ত্রীশিংনা বীরবলবু কল্লকই; মতোম্দা বাদশাহনা উংলিবা চানবগী মওং মতৌচু থোইদোক্লম্ন কল্লককমনি। মসিনা মরম ওইদুনা মন্ত্রীশিংনা মহাকপু হাংননবা খুজিন থৌরাং তৌই। অহুবু থেংথাং খুদিংমক্তা মথোয়গী খুজিল থৌরাং পুম্নমক লাইপোক্লুম্না শিংলবা বীরবলনা অরেম্বদা তাংনথি। মোংমদি

বীরবল্দ মাংখ্রনবগী কজরবা উপাই অমা ফংলে। মহুগী থবক পাঙথোকপদি মরাইবক বীরবা বাদশাহগী শমককপা অমদা তাখি।

হাক্তাম অসিনা নিংথৌরেলগী শম কক্লিহৌদা, নিংথৌরেল আকবরগী থরায় হুংঙ্গাইনা ঊবা তাঙ্গা য়েংদুনা বা হোৌখি— "হুজুর, কর্ণিস্তা অমত্তং হঙ্গংচনীংই।"

— হায়হু তাস করিনো?

— এনা হুজুরগী পাবুংগী শম-কোই ককচরকই নীংথিজনা হোৌইকে।

— হোৌরমগনি। অদু কৈদোৗরবা?

— হুজুরনি মকক্লাসদা কয়াদা হুংঙ্গাইনা কে-যোনা লৈরিবা অদুগা হুজুরগী পাবুংশোয়না স্বর্গদা কমদোনা লোয়গদগে হায়-বদুদা থনবীরমনি থাজদে।

— ওহ! কয়াদা পঙলবা বাহংনো? অদুবু করমনা ওইথোকদগে!

— কারগীস্থ ওইথোক্লোইদগে?

— করি হায়বা?

— হুজুরনা থেংনবীরমদবগীদি থক্তজরে। লৈবাক চাওবনিনা এদি থেংনজক্করে।

— করি কমদোবা?

— এনা যাদুগর অমা থেংনজৈ, মহাকনা পাউ অসি অদোমদা ফংহনবা ঙমগনি।

— অচুম্বমকনে ?

— ঐখোয়না লায়গ্রবা ৱারি মখোন্দদি হুজুর। মহাকনা ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা স্বর্গদা মতৌ করমনা লেপ্লিবগে হায়বা খঙঙ্নবা মী অমবু থিংনা থিংনা থাবা ওম্মী।

— থাজবদি বাংলি, অদুবু নঙনা হায়রিবনিনা ৱারগে। নঙনা খোয়রাং পুস্না তৌরো, ঐগী ইপা ইবুংঙোগী পাউ তানীংই।

— অহোই হুজুর! ঐ শীজগে। অদুবু তৌবতদি অসিগুম্বা অরুবা অথা চংগা, তারবদি ময়াম হৈ-শিংবা অদুগা ৱারী ৱাখোঙস্ম্ মুন্না খঙবা মী অমগী দরকার লৈ।

— মচুস্ম ময়ামনা ফুমগ্রবা ৱারি। নঙ অমুক্তা থঞ্জু কনা থাসিগে।

— (হাইহাক থঞ্জগা) বাদশাহগী লৈবাক্সিদগী চংগা। মাবা মীশক অমদি লৈরে। বাদশাহনা খোয়রাংনা মীশক্তু খঙনীংলক্লবদা হাজামনা মীশক অদু বীরবলনি হায়রে। মসিগা লোয়ননা মহাকনা বীরবলগী ছীরম থুদীংদা লাম্বা লৈতনা কয়া গুন পুম্নমক হায়রে, থাগৎলে। মহাকপু হৈ-শিংলবা মন্ত্রীশিংনা তেনৱা মরোল তন্বীরক্লবনিনা শিংলবা আকবর ফাওবা থাজরে, শুক্লাংগ্রে। বাদশাহনা হাজামদা মতৌ করমনা বীরবলবু স্বর্গ চংহনগদৌরিবনো হায়না হংবদা হাজামনা খুমল্লকই:

— ইচম চম্না মহাকপু কিশেং শেংহল্লগা মীয়ামনা মোংকম তামা থিন্দোকনি। মকম অদুদা মাংথিম শেমলবা শীং মথক্তা

কন্নাল্লগা ৱাহুংগরনা মন্ন শোননগনি। অদুগী তুংদা বী থাউ হৈতিল্লগা শীঙচুদা মৈ চুপনি। শেংলবা মৈদুগী মৈরি অমস্তুং মৈখু মরক্তা বীরবলনা স্বর্গ য়োগনি অমসুং পাউ পুম্বা থগুলগা অমুক হল্লক্কনি।

অনৌবা ৱাকল অমদি থৌদৌশিংদা খাজরবা আকবরনা য়ানীংনা থাজত্রবগী হাজামগী ৱাঙাংশিদো শুমহৎথিহনা বীরবলবু স্বর্গদা থাবা হায়না য়ারে অদুগা ৱাকমদুমক বীরবলদা হায়রে। অঙানবদদি কাগী তৌরিবোই নীংলমই অদুবু ৱারী য়াখোং পুম্নমক শুনা আকবরনা লৌহনা তাবদগীদি শিংলবা বীরবলনা শীল্লিবা থৌরাং পুম্নমক হোৱোং হোনা উখ্রে। ডাইহাক থল্লগা হায়রকই —

— জাহাঁপানাহ! বীরবলনা শোয়দনা স্বর্গ চৎকনি। অদুবু থবক অহ্‌ পাক ডবনদে। ঐনা হান্নবা থেংনব্রবা থবকনি মহু।

— করি নহাকনা হান্নবা থগুব্রবা?

— মাম্নি, ঐহাক লম্বা থগুই। অদুবু মসি মম্নামমা ডমনদবগী মরমদি শেল অমস্তুং মতম য়ামনা চগুই। বাদশাহদদি তৌববক য়াই। শক্তিক চায়।

হাজাম্না হায়বদা চিংনবগুম তৌরদুহ বীরবলনা হায়বদগীদি চিংনবা পুম্বা কোকত্রে। বীরবলনা পাম্বা শেল অমস্তুং মতম পীরদুনা বীরবল ময়ুমদা হনত্রে। সোমদা আকবরনা ডাইগুমদরা লৈত্রে। সোমদনা বীরবলনা কনা থগুহন্দনা মী নেক্তুনা বাগী

ইমুংমগীনা মোংকম ভানা লৈনুংগী লমবী অমা শেমগে। মপামকনা মুংঙাইনা লৈখোকলে। থানখিবা মতম লোইরবদা অদুগা মাগী থবক শুবা লোইরবদা বীরবল স্বর্গ চংনবা লাক্লে। কিশেং শেংলবা অদুগা নাংখিবা লৈ-শু কয়ানা লৈতেংলবা বীরবল ময়াম্না লেম্বগী মতাংগুম শোপাই থক্না হাপ্তুনা মোংকম ভানা থিন্দোকলে। মপামকনা শাম্লম্বা খোরাংনা মাগী মীশিংনা শাঙ লৈপারবত্তু হুংলিবা কোমদুগা চাননা শেম শাগে। ময়ামদগী থিদাই লোরগা বীরবল শাংথক্না কমথগে। মত্তুগরনা মম্ব শংলে, ঘা থাও লেরে অত্তুদগী লৈ চুরে। তিন্নিবা পুম্মক হৈরাঙ্তনা শোকই, মরখাদ তিম্রদে— থওদবাশিংনা স্বর্গ চংবগী মুং-ঙাইবগীনি অথওবাশিংনা মখোয়গী খোরাং মায় পাকপগীনি। ময়াম্না লাঙালতে অত্তুগা মৈথু অমসুং মৈরিনা মাম্নৈ ভাঙাত্তুনা বীরবল শাংথগে অত্তুগা কনা থওবন্দনা ময়ুমদা থা অহুম লৈরে। থা অহুমদুদ মকোই অমাদ শম কক্রু, মত্তুনা কা চেমা শাংলে।

থা অহুমগী মতুংদা বীরবল কোণ্ডুং কারক্লে। বাদশাহনা অচানবা মম্বাবু চেনাশন্দুনা ওকই অমসুং মপা মপুগী পাও হংই। আকবরনা ভাবা মুংঙাইগদবা অত্তুগা থাজবসু য়াবা মওংদা পাউ পুম্বা তম্রে। মবৈথংদা হায়রকই—

আহা পানাহ! অত্তুক্কি মুংঙাইহোরগা অবাংপা অমত্তং লৈরোই, মদুগীদমক স্বর্গদগী নপাবুং ইবুংঙোনা মচা ইবুংঙোদা হায়জরকই।

— করি, পাবুংনবু ঐঙোন্দা হায়জরকপা! হায়রু, থীন্দনা হায়রু বীরবল।

— পোং চৈ অমত্তা বাত্রবস্থ লাউৈরবাক্তুদা হাজাম অমত্তা কংদে। অহুগী খুদম য়েংবীয়ু, ঐগী কোই অমম্বুং শম কয়াদা শাংলবা। অমুক্তা খম্বীয়ু খা অহুমদং লৈরুবা ঐমক্তা অম্বুক শাংলবসিদদি চহি কয়াগী থমাংদা লেঙ্গ্রবা অহলত্রগী কোই অমম্বুং শমহুদি কয়াম শাংলরিনি। অহানবদা ঐ শক খঙবা ঙমলুত্রবনি। অদুনা কীভমহু য়ামনমক য়েংবা হুং-ঙাইরক্তে। য়ারগদি হায়মু শক খঙনজবা বাদশাহগী হাজামসি খাবীরকউ হায়জরকই।

— ইশাবুংগী মফমদা শোয়দনা থাগনি। ঐবু ইপা ইপুনা অয়ীকপনি হায়গ্রনি। থীন্দনা নিংথৌগী য়াথংনা হাজাম সভা বাক্তা মরক্তা দোলাইদা পূরকলে। শিনীংবগী চেন্নবস্থ নমহুনা কারগা বাড়গরগী মর অহুপা মৈ মরক্তা পুস্সিগী ওইনা হাজাম স্বর্গদর' কদাইদনো হল্লক্রোইদবা খোংচক্তা চংলে।

অসিগী মতুংদা মল্লীশিংনা বীবৰল মাঙনবা বাথল খবর তোকনখি।

❧

# য়েনবানা য়েরুম কোক্তে

অঙম অথৌশিংনা, আকবর কাওবনা বীরবলবু অপঙবা তাহন্নবা কয়া হোংলে। অদুবু হোৎনকুরিবশিংহ্ন অরেম্বা তাই। মাবু অপঙবা তাহল্লবা মীঠুহুম হেয়া পঙবা তাদুনা মন্নামগী নোকপ্পম ওইরে। নোংমদি বাদশাহদা অনৌবা মাখল অমা লাক্লে। খল্লি—"শোয়ত্রে ঙসিদি বীরবল পঙবা তারেদো."

বীরবল লাক্লিঙৈদা বাদশাহনা অনৌবা মী চোপ্পবা মাখলসিগা লোয়ননা মাগী মরুওইবা মন্ত্রীশিংদা য়েরুম অমমম লোইনা য়েশ্নোক্লে অদুগা নিংথৌগী য়াকা য়েংনা লৈনবা, য়েরুমশিংহ্নু লোয়া পায়্শন্নবা পাঙতাক পীরে। ঙাইহাক্কী মতুংদা বীরবল থুংলরে। বীরবল থুংলবগা আকবরনা হায়রকই —

— "বীরবল! তাবীয়ু ঐগী লৈরিবা মরু ওইবা মন্ত্রী পুন্নমক! হৌখিবা অহিংদা ঐগী মঙদা কনাগুম্বা লথোইবা অমা লাকলমই অদুগা হায়রম্মী মদুদি ঐগী মন্ত্রীশিংনা ঐহোন্দা পুকচেল শেংনা লোইনৈ লোইনদে খঙগে হায়রবাদ খোংকম লেঙদনা হায়বদি অমুক চথোক্লাখিদনা ঐগা লোয়ননা পুম্না লৈকোন্দা লৈবা পুঙ্গী মচাসিদা চোংথহন্নু। পুকচেল শেংবশিংদি য়েরুম অমমম পায়রগা ঈশিংদগী কাওপৎলকনি, শেংদবশিংদি য়েরুম কংলোই হায়রম্মী। মরম অসিনা চাংয়েং থংদি ঐ তোপে খল্লে।

ময়ামনা কৈ হায়না খুময়কই। বীরবলপু ফবে হায়ডুনা পুঞ্জী মচাহ্ তানা লোইনা লাকলে। মথাম পুয়মক চোংথনগ্রে অহুগা "ঐগীদি কংলে" "ঐগীপু লৈরে" "ঐপু ~" হায়না য়েক্লম অময়মগা ফাওগংনরক্লে। বীরবলগী মতাং য়োরক্লহুনা মাপু চোংথরে, ৱাইহাক মাহুনা ঈশিং মপুংদা থিরে অহুবু থিবা খঙ্ৱে। পাইরক শিংবা বীরবলনা খুদক্তা তৌরিবা পুম্বা তাব তারে। ঈশিং ঈমায়দা হেক ফাওগংগগা "কে কে ক্রে কে" হায়বা অহুম মরিরক খোংই। আকবরনা তৌরিবহু করিনো হংবদা বীরবলনা নোকখনা — ননাই ঐদি য়েনবানিনা য়েক্লম কোকপা য়াগ্রবা। অতৈদু য়েনবী তাবহুদা তমখি। নিংথৌরেলপু তম নোকখি।

* * *

## গোজেন্দ্র মোক্ষ

থৰ্ম্ম খুদিংমক্তা মচি, ৱারী অমদি অকুবা ৱাকমশিং ৱাহংখোক তক্তনা আকবরগী দরবারদা নৈনৈ খমে। মেংম আকবরনা মাগী মন্ত্রীশিংদা হংই—

— কৃষ্ণদি প্রাইদগী চাউবা ঈশ্বরনি। অহুবু গোজে খোকগী মতাংদা মাগী মনাই অমা থারগনু পাওখোকপা য়া

মন্নপশু মাগী ইচম চমনা মীওবতনস্থ মনাই ওইরিবা মতোন্দা চঙজরকপা শামুবু কল্লবা য়াবনি। অদুবু অচুক চাউবা ঈশ্বর ময়াম্মকনা গরুড় ভোংলগা লেঙলকতুনা চক্রমকনা লাইরেনচু ককথংখিবচু হেনমনবা খোল্লুব্রা? য়ারবদি মতোন্দা চঙজরক্লবা শামুচুবু নুংশিবা হেনমল্লনে?

অপঙবা মন্ত্রী খরনা বাদশাহগী বাক্কমচু চুমই হায়দুনা সমর্থন তৌনরকই। বীরবলনা হাংব তানীংবনি অদুবু মাদি ভুমিল্লা য়া ডাঙদনা লৈরি। বীরবলদা ওনশিন্দুনা মহাকী করি মত লৈবগে হংখ! বীরবলনা পাওখুম খুদক্তা পীবগী মচুন্তা পতম খর ডাইবীনবা নিজখি। বাদশাহনস্থ য়াবীরে।

সোমদা বীরবলনা লৈবাকী খুং-হৈবা থিরগা যুবরাজ সেলিম য়াম্না খোইক্লনা শানবা হোংনরে। অম্নমা হাইকেং য়েংবদা মশক থংবা ওমখোইদবা-মওংদা খুং-হৈবনা শাবা লোইরবদা কোম্মুং মস্নংগী লৈকোন্দা লৈবা পুম্রি অচৌবদগী মশাগ্দা থম্মে। বীরবলনা তাকপগী মতুং ইম্না মাগী মনাইনা তাঞ্জা ডাইদুনা লৈখি। মুমিদাংৱাইগী চরাংনরবা তাঞ্জা অদুগা নিংথৌরেলনা তাগদবা খেংমজেলদা কিনা লাউরকথি—"অবাবনি, যুবরাজ সেলিম ঈশিংদা চোংথদ্রে। কন, কনা লৈবগে যুবরাজ ঈশিংদা তাদ্রে!" অসিগা লোয়নমা নীংথজনা লৈজেংবীরবা মুত্তিচু পুম্রিদা ঈস্থদ্রে। মথবায়গা মামরবা অঙাং অচু ঈশিংদা তারে হায়বা তাবগা লোয়ননা মমীংমক্লা লুকেং লুকেং তাউবগুমস্থ উরবদা আকবর শুম্মংদ্রে; থম্বদনা খুংলৈ খুনা চোংথপ্রগা

থোইকপী অঙাংচু পযদুনা থাজংলক্লে। মতৌচুদা আকবরনা ঈকমু ঈকাৱরে, নোকমু নোকনিংলে। তাঙা অচুদা বীরবলনা নোল্লুক্লা খুরুম্মী। করিনো অমদি শোইদনা ওইরমনি হায়না খনজানচুনা লৈরিবা আকবরনা, মতৌ অচুপ্পা মরক মরক্তা তোয়না তৌগনবা বীরবল ঊবদা শাউগে তৌরম্বা আকবরচু শাউরুগে তৌববু কল কৎলোইত্রা শনচুনা শাউত্রে, ঙংনা হংলকই— করিনো তৌরিবাসিদি বীরবল ? নহাক্লা তৌবা ওইরিদ্রবে ?

নোল্লুক্লা বীরবলনা খুমই,— "জাহাঁপানাহ ! সেলিম মোক্ক !"

— করি সেলিম মোক্ক ?

— ঙাকপীগনি জাহাঁপানাহ ! গজেন্দ্র মোঁক্কগী পাউখুম পীজগনি মনাইনা। ঙাইহাক খন্তুরগা আকবর মঙক নোমই চুমই হংবকচু খঙলে। মনাইশিংনা অনৌবা কি-রোল পুশিল্লক্কুঙ হোংদোকই। মরামচুনা ঙক্লিঙৈদা পাউখুম পীরকই বীরবল্লোমদ

— চুমই বীরবল ! ঐনা ম'ম্মা চানবা, নুংশিনবশীদমক্ক ইনাইশিংদা থৌদাগনি হায়না কাওবা থল্লুবা মমদে, কাউথি

বীরবলনা ফেঞ্জিল্লকই— অচুমনি জাহাঁপানাহ, শ্রীকৃষ্ণন মনাই ওইবা নুংশিখিবা শামুড় কমনবগীদমক অতোপ্পা উপা শাঁজিন্নদনা মশামকনা গরুড় তোংদুনা লেঙঙকখিবা অমন্ন অথোইবা খুলাই সুদর্শনবু অচম্বা লাইরেল মাংহন বদ শীঁভিনমখিবচু।

লুম্নবা খোজেসদা বাদশাহনা— নুংশিবনা চিংবসিদি থম্বা হকচাং অনীমক চিংই !

# লৈফম খংবা

মাগী মরাং তৌদুনা লোইনবা হায়বসিমক্তবু করিগুম্বদসু ব্যবহার কায়নরকপা য়াওই। মাগী মাগীদগী নোংমদি বীরবল আকবরনা লৈবাক্তগী তানথোকপগী হুকুম কাওবা পীখি। বীরবলনা য়ুমদা লৈবস্থ য়াত্রবনি, মহাক তাগীর অমা ওইজ-রবস্থ নিংথৌগী হুকুম্না মরম ওইদুনা করি অমত্তগী মপূ ওইবগী হক মাগী লৈরমদে। য়ুম্না থল্লগা বীরবলনা পংথাপ্তি.থাপ্তুনা খুজং অমদা লোংতুনা লৈরে।

অহৃব সোয়দা মাগী খ্বাইদগী চান্জরবা অদুগা পূক্লিং লৌশিংবু পীবা মরুপ বীরবল উম্রবদা নিংথৌরেল আকবর লৈফম খংদ্রে। অদুনা লৈবাক বাংমা লাম্না চৎথিনবা দগুগী হুকুম পীরবস্থ মায়কৈ খুদিংমক্তা বীরবল থিক্লনবা মী থারে অদুমকপু মরৈর মরা চাত্তরবা বীরবলবু থিবা থত্রে। য়ুম্না থল্লবগী তুংদা নিংথৌরেলনা হুকুম অমা তৌরে মদুনা খুজং খুদিংমকী লুচিংবনা সুমিৎ ভরামচানিগী মমুংদা আগ্রাদা খুংলগদবনি, তৌবদদি মখোয় খুদিংমক্তা উক্তমদগী অদুগ মুংশাদস্থ লাকপা য়ারোই হায়না থত্তহল্লি। নিংথৌরেলনা থত্তই মহুদি খুজং অমদদি শোয়দনা বীরবল লৈরমথিগনি হাঁমিং ছুম'নগী মমুংদা মীরৈবাক য়ৌনা মহাক্না চৎলোই

পাউজেল অসিগী মতুং ইমা মারকে খুদিংমক্তগী খুজং লুচিংবশিং লাকুরে। হকুমদু চাকপা ওইনা মখোয় খুদিংমক্তা মথল কয়াগী উপাই লৌখিন্নরকই। কনা অমনা কি থল্লগা লাকই, কনা অমনা কোরেং য়েংলকই, অতোপ্পা অমনা উশা থল্লগা লাকই। মুপা অমদি কাংথোল অয়োনবা (চারপাই) অমা মকোক্তা থাজলগা লাকই। মখোয় খুদিংমকপু মুমা য়েংলিবা আকবরনা কাংথোল পুরকইবা মুপাদু কৌশিল্লগা হায় —

— নহাক্তা তৌরক্লিবসি করিনো? পেংনা হায়রু।

— হুজুর, ননাই ঐ হকুম পাংথোকচবনি।

— করম্না ঐগী হুকুম পাংথোকলিবা?

— কাংথোলগী থৌরিনা থনথিবা লমশিংদু উরুমম্ত মত্তে, মুংশান্না হকথেংনবা য়েবস্সু নত্তে। মরম অসিনা হুকুম মানা তৌজরে হুজুর।

— পেংনা হায়রু কনানা নত্তোন্দা তাকই। মনা মথুর চাউনা লৈগনি।

— (কিনা) ঐনবু করি থজবা! ঐগী মরুপ বীরবলনা তাকপিবনি।

— ঐনা তৌরিবা থবকসি মাগী লৈকম থজনবগীদমক্তনি হায়রু মহাক মকম কদাইদা লৈরৌই।

— হুজুর। ননাইহুদি রাজদণ্ড কংলবনি, লৈবাকসিদা লৈবা মাদে হায়দুনা নিংথৌরেল কায়না মৈশা লাংহুনা কপ্পুনা

লৈজহৌই।

— মাগী মৱান নাহাম্না চাকপীগ্রবনি। চৎলু মাবু কৌরু। নঙন্থ অচৌবা কম অমা থৈনা পীরনি।

— হুজুর।

আকবরনা মহাকপু কম অচৌবা অমা পিন্দোকখি। মাগী পাম্মু ঙরবা মরুপ বীরবলন্থ কংজখি।

---

# অমারোল

পৃথিবী নিংথৌ থুদিংমক্কী আকবরগী দরবারগী মওন তাবদা চাং য়েংনিংবনা লাংতক্কুখি। য়াম্না তোরনা চাংয়েং কম্নাহু তৌরদবা নত্তে। নোংমা তুপা অমনা আকবরগী দর-বারদা চত্তলকখি অঙ্গুপা হায়রে।

— জহাঁপানাহ! ঐ ইংলিশ, ফ্রেন্স, চাইনিজ, পর্সিয়ান, সংস্কৃত, লেটিন অমস্তুং বর্মিজ লোন মীংথিনা চাংবা ঙমৈ।

— হায়রু শকথঙদবা। করম্বা লৈবাক্কী লেংলকপনো? অশিংবা মীশিংনা হায়বৈ মতুদি মী অমগী লাককমদি মানা চাংলিবা লোন অহুদগী লেপ্পা ঙমই। বাকম ঙসি চুহা মাত্রা?

— য়াই।

— অদু ওইরবদি ঐ কদাইদগী লাকপনো হায়বহু লেপ্লিরো।

নিংথৌরেলনা সুপাহুদা ঙাঙবা হৈ হায়রিবা লোনশিংহুদা মীংথিনা খঙ হৈরবা মাপী পণ্ডিতশিং থাজিন্দুনা ঙাংহনলে। অদুবু মথোয় অমত্তনা সুপাহুগী লাকথক নত্রগা মখারোন খঙবা ঙমদ্রে। মথোয়বু সুপাহুগী ঙাংথোরক্লিবা লোনশিংহুদা অশোয়ব নত্রগা মতৌ ওন্না মানবা অমত্তা কাবা ঙমদ্রে। মরামহুনা মায়থীরবদা লৌশিংনা পুক্ক ওইবা বীরবললোমদা আকবরনা ওনশিল্লকই। ঙাইহাক খন্নবগী তুংদা বীরবলনা মথংগী সুখিত্তা পাউখুম পীজগে হায়রে। অদুমক্তা সুপাহুগী শক খঙনবগীদমক বীরবলনা অহিংহুমা থৌরাং তৌরে।

নোং ঙাল্লে। অঙকপা বীরবলগী পাউখুম তানবা মী য়াম্না দরবারদা পৈরে। অঙম অথৌ তিল্লবদা নিংথৌরেলনা বীরবলদগী পাউখুম পামলকই।

— জাহাঁপানাহ! সুপাসি গুজরাটুতগীনি। মখারোলসু গুজরাটিনি

আকবরনা সুপাদুদা চুমত্র হংবদা চুম্মী হায়রে। অদুবু সুপাহুনা মতৌ করম্না মাপী শক লেপ্পগে হায়বহু খঙনীংথি। নিংথৌরেলনসু হায়রবদা বীরবলনা।

— জহাঁপানাহ! মী অমনা খাইদগী চিকিরবা মতমদা অমদি মথয়ায় থারমদাই য়োরবদা নত্রগা মশাগী খন্নবগী শক্তি লৈত্রবা মতমদা মখারোলদা ঙাঙই। ওরাং অহিং এনা ঐগী ইনাইশিং শীজিন্নখি। অথেংবা অহিংদা সুপাসিনা তুম্নিবা

চাহুদা ভুট শাহল্লগা মুপা অমা থাজিল্লি অদুগা মমাৱদা ঈশিং মর চাইশিনলহনখি। য়ামনা শাথিনা থংলবা অমম্মুং কিরবা চুপাসিনা মতমহুদা কিবনা ডাওরহুনা শুক্ররাটিদা লাইশোল মর শোরখি লোয়ননা অকিবা কোংদোকখি। মতমহুমক্তা ঐনা মহাক্কুদি উরোইদবা কাচিন অমদা কেপ্তুনা মানা থাওখিবশিংদু ডাজখি।

পাউখুম তাবদা তিল্লিবা মীয়াম, শকথঙদবা মুপাম্মক অদুগা বাদশাহ য়াওনা পেল্লখি। বীরবলগী হৈ-শিংলবা থৌরাং অমম্মুং লৌশিংহুবু থাগৎলখি। বাদশাহনম্মু মমা মথুম চাউনা পীখি। শকথঙদবহুনা —

— জহাঁপানাহ মঙ্গল ওইসম্মু। অসিগুম্বা লাইপোক্লুম্বা মী করানা লৈজেংলিবা বাদশাহগী দরবারসিদা পৃথিবী মকপুম্ম য়ায়েনবদা মতিক চায়।



# অপঙবা মীগী মিং পরেং

আকবরনা নোংমা বীরবলদা মাগী কোম্মুং ডাকলিবা মীশিংনা হৈ-শিংদবা য়াদবা অমম্মুং লৌশিং লৈতবা য়াদবগী

মরমদা ৱারি শাই । ৱারিগী মথৈ তাৎকপদা বাদশাহনা মখিদা মাগী কোমুং মমুংদা লৈরিবা অপঙবা মশিং থঙদোক্লবা অপঙবা, মীগী মিং পরেং অমা শেম্লবা শিন্নরে ।

মুখিদাংরাইরমদা শকথঙদবা মুপা অমা আকবরগী মাঙা থোইদোক্লা কক্লবা শগোল অমা পুরক্লগা য়োল্লগে হায়রে । মীওইবা খুদিংমক কদায়দনো নত্তগা করিদনো ঃঅমদি অশোয়বা অতোবা শোয়দনা লৈ । হীরম খুদিংদা মপুং ফারবা অহোব লৈরবা আকবরগীসু অহোবা অমদি লৈ, মদু শগোলগী অপায় বদনি । শগোল য়োল্লবা হায়বা জাৎ অদুমথেদা লৈদনা তোকখিব অথন্তসু য়াওখিত্রি । মুপাদুনা পুরক্লিবা শগোলদু য়েংবদ থোইনা পাম্না থোকলে । মাগী পুক্লিংদা অসিগুম্বা শগোল অমুকত উম্লিত্রিবগুম থোকই ।

— মহাক্কী শগোলসে পায়ে। মমল কয়ানো ?

— সনা মুহর ৫০০ থক্তুং মিজরি হুজুর ।

— কয়াদা হোঙগ্রবা মমলনো । ছাইথো মহাক্কী শগোল সিবু মসি থক্তরা ?

— হুজুর ! মনাই ঐহাক্কী শগোল ১০০ গী মথক্তা লৈতে আয়বকী থায় মক্তনি । মথোয়শিংদু ঐনা অমুক্কী মতিব কক্লনা তম্বী মহুদি বাদশাহনা শীজিন্নবদা অনিঙবা পুবা শোয়দন পাঙথোকপা য়ানবা । অমাবদি শগোলশিংদু পুরক্লবা হোৎনবদ ঐগী ইচা-ইনাই কয়ামুক লোয়নবকপা তাবনা থরচ য়ামর চঙই, অদুনা হুজুরগী হৌরদাবীয়া য়েংনবগীদমক শগো

মচাসিমক্তং অহলস্থু ওইরবা ঐনা পুক্ষরকপনি। শগোল শাথক্তা লেঙথংপীরগা চাং মেংবীরবস্থু য়াগনি। ঙাইহাক থোঁছনা য়েংবদা শুক্কংপমথৈ পাম্বা থোক্লে। অছনা লৈহৌরিবা শগোল-শিংছু লোইনা লৈগে হায়রে অমস্তুং চয়োল অমগী মন্নুংদা কোঙুং য়ৌরক্লবা য়াথং তাউথরে। থোইদোক্লা ভাঙ-শকপ হৈরবা মুপাছগী য়াঙাংনে শগোলগী অপাম্বনে অনীছনা বাদশাহনা শগোলশিংগী মমল ওইনা সনা মুহর লীশিং ৫০ পুক্লো হায়না হায়রে অমস্তুং শগোল পাম্নবদগী লৌহনল্লে। মুপাছনা চংথিবা ইকুই কুইদনা বীরবলস্থু মায়কৈ অদোমদা লাকই। আকবরনা বীরবলবু কৌশিল্লদুনা যাগী শগোলছবু য়েংহল্লে অমস্তুং থাগংপা হৌরকই। মথৈথংদা তৌথিবা থবক পুন্নমক ভয়ে। বীরবলনা মুপাছগী লৈফম, মমিং মথা অমস্তুং শিনফল্লচিংবা হংবদা আকবরনা অমত্তা পঙহৌত্রে হায়বা থহল্লে। অদুমকপু আকবরনা মুপাছু অহলস্থু ওইরে মবুকচেল শেংগদবা যাল্লি, থোইদোক্লা চিংনদে হায়না শোম্হাংননা খুম্মী। য়ারী লোইশিল্লক্লবদা আকবরনা

— ইসে, ঐনা শেম্মু হায়বা মিং পরেংছ শেম্লব্রা?

— ও! শেমজরে, থরত ইজথিগে!

অস্থমনা মিং পরেংছদা করিগুম্বা থর ইরগা আকবরদা লানশিল্লে। পরেংছু মথং মথং য়েংথরকপদা অপুকপা অমগা য়াওনা আকবরনা

— আই! করিগীনো ঐগী মিংস্থ য়াওরেনা পরেংজিদা!

— ঙাকপিগনি অহাঁপানাহ! মাগী লাককমম্ থঙদবা, মখিং-মথা ঠিকানা অমদি সাক্ষি অমত্তা মাঙদনা শগোলগী অপামবনা থুঙ্গাংখিদুনা মুহর লৌশিং ৫০ পীখোকখিবহৃদা শিংদম্ব হায়ুহৃনা ···· ····।

— করিগুম্বা হুপাহৃনা হায়নখিবা পোয়দহৃনা পুরক্রবদি ঐ অহুম্মক পঙখিগম্ম্বা মতমহৃদা অপঙবগী মিং পরেং শেম্‌বহুহৃম পঙবা ভাগিদো।

ইখন থম্হৃদনা বীরবলনা শং হায়দোরকই —

— অহু ওইরগনা অহাঁপানাহগী মিং ককথংকগা হুপাহগী মমিং হাপচিনবা তারেদনা।

অনীমক হৌনা নোকই।

* * *

# মীং তাঙবা মীশীং

লৈবাক্কী মপী মপা ওইবশিংনা কুম-থা চুপনা হমাং মরীক অমত্তা তাকুব: লৈভনা নমহৃনা খোমজিনখিবা লন থুমশিংহ্ ধর্ম্মগী মিংদা করি করিগুম্বদা অভোন অতাশিংদা হেক হেক য়েম্বোকই। বেগম্মা মীং তাঙবশিংদা লন থুম থম য়েম্বোকে দান তৌগে হায়রম্বদা আকবরনা বীরবলদা হংই।

— বীরবল আগ্রাসিদা মীৎ তাঙবা মীগী মশাংসি কয়া ামলমগনি।

— কারিগীদমক্তা ওইরবনো জহাঁপানাহ ?

— বেগম্মা মথোয়দা দান তৌনীংই হায়। ঐনা থবদাদ ংঙায় য়ায়দমাল্লে।

— মীৎ তাঙবা হায়বসি উদবশিংহুবুনিকো।

— মায়নে। উবা উম্বগী শক্তি লৈত্ৰবশিংহুবুনিনে।

— অছু ওইরবাদ মীৎ তাঙবা মাগী মশাংনা তাঙদবা ীগী মশাংদগী শাথোনা য়াম্বা হোল্লি।

— কমদোনা য়ামলিবা? ঐনা হংবদদি পংয়াম য়ামদে ায়না।

— পাউ পীবশিংহুনা থঙদহুনা তৌরিবনি, য়াম্বা য়াম্মী।

— করে অছু ওইরবাদ মীৎ তাঙবা মীশিং থঙদোকপগী বকসি নত্তোন্দা শিন্নরগে। বেগমগী মনীং থুংজরসহু।

— জহাঁপানাহগী য়াথং তাকচগনি ; হুমিৎ মীনি হমনিদং াইবীগনি।

মথংগী হুনিস্তগী বীরবল মীৎ তাঙবা মীগী মশাং থঙদোক্রবা াগী মনাই অমগা থবক হোৎল্লে। নোং তানবহুদগী বীরবলনা া থ্বাইদগী হেন্না তিনবা কৈথেন ময়াম মক্তদা সত্তা কাংথোব ামা পূথোক্লগা থৌরি লোল্লি। বই অমগা লোয়নদা থিং ননবমীদমক মাগী মনাই অদুনা মনাকতা কমলি।

মীয়ামদুনা তৌরিবহৌ উবদ করিনো হায়না ঙকনা খন্নৈ। য়েংশিল্লুবা মতমদা বীরবল ওইরম্বহৌদা মনাক চংশিল্লকুনা হংই

— করিনো তৌরিবহৌ বীরবল ?

বীরবলনা পাউখুম পীবগী মহুত্তা মনাইহৌদা "অমা ইশিল্লু" হায়। অতোপ্পা শকথঙনবা অমকন্দু — "বীরবল-করিনো নঙনা সড়ক ময়ায়হৌদা তৌরিঙবু ?" হায়না হংই। পাউখুম পীবগী মহুত্তা বীরবলনা মাগী মনাইহৌদা "অনী ইশিল্লু" হায়। অন্দুম্না হংলবা মী খুদীংমক্তা পাউখুম পীবগী মহুত্তা বীরবলনা হংলরিবা মীগী মশীংহৌহৌম মনাইদা ইশিন্নবা হায়। মথং মথং তরা কুন য়াঙথৈ-চামা ইনবা হায়। অমদুনা অথঙবশিংগীনা মিংগা কোয়না ই, শঙদবশিংনা হাঙনা থম্মী। অয়াম্বনসু খঙগদবা মী খল্লগা ইনবা শিন্নরবা মীশক্কি ইরিবদুমক্সু।

মতম খরগী মতুংদা আকবরসু মায়কৈ অদোমদা লাক্লমই। মীয়াম ওমশিন্দুনা য়েংলিবা অদোমদা মহাকসু লাক্লে। বীরবলনা কাংখোল থোরি লোপ্পবা মঙংসু উবদা আকবরসু অতৈনা তৌবগুমনা তৌরিবদু করিনো হায়না হংখি। হায়গুমনা পাউখুম পীবগী মহুত্তা বীরবলনা মনাইদা ওনশিল্লগা "চনী য়াথৈ — ইশিললু" হায়। ঙক্লবা বাদশাহনা

— বীরবল ঐনা হংলিবসিগী পাউখুম পীগেদি হায়ত্রহৌনা নঙনা হায়রিবহৌ ?

— অহা পামাহ চাকশিপনি। ঐ মীশিং খাজরি।

— করিগী মীশিং ? ও ! মীংতাংবগী মীশিংদুরা ?

— অহোয়।

— কদায় কয়া শুরে?

— মীৎয়েং তাবীসি, হৌজিক কাওবা চনী য়াঁথৈদা মখিরি।

চেহ্ মেংলুবদা মশামকী মমিং রাওরম্। উবদা তম্না য়রকই।

— করি? এবু চানিয়থৈ শুবা মীৎ তাঙবা মুপা?

— চাকপীগনি। এনা তৌজরিবসে সড়ক মযায়দনি: হুদা মুংখিল পোবোপ্পুনি। এনা কাংখোল উরি লোল্লি য়রবসি উনা উনা কৈদৌরিবগে হৎনা হংলরিবসি. উবগী ভিসে রাওরবা মীত্তি পানবা চাক্কনিঃ অহুন। এগী মীকোক থিদা...। চুমই থম্না থম্না মীয়াম্না হৌনা নোকই। বাদশাহনা বীরবলবু থাগৎখি অমসুং কায়দবদা থম্মুরিবা মানী বাখলহ্ জলকখি।

* * *

# অওকপা বিচার

মখী মতা অনকপা অমত্তা লৈরবা পাঙ্গা অমনা নোংজু মুংশা লৈনা তানজরকপদা শেল য়াম্না পায়খে। মানা সংসারনি

অবেঙনি লন-থুম মচেং অমত্তা পুরগা চৎপা ঙাম্মোই হায়না বাখল খল্লরকপগা লোয়নন তীর্থ চৎকে হায়না বারেপ লৌ র। তীর্থ চৎনবগী শেনফম মতিক চানা কাইথোক্লবগী তুংদা সনা মুহর লৌশিং অমদি লেমলি। অদুক মাস্থা শেনফমত্ত পুথুনা চৎপস্থ খুদোং চাদে অদুপা মত্ত শিন্নরম্লবা মাগী মীশু কৈজদে। মরম কুপ্লিনা বাখল মুন্না তৌরবগী তুংদা অদোং ওইরিঙ্গেদগী তিম্মজরকপা মরুপ য়ুমম্ভ লেপ্নবা নীপা অদুদা মাগী শেনশিংজু শিননরে। শেনশিংজু শিননরমলগা পাঙ্গা, তীর্থগীদমকতা খোঙশাম্বোরকলে।

মতম খর চৎলবগী তুংদা তীর্থ যাত্রা লোইরতুনা পাঙ্গা ময়ুমদা হল্লকলে। মাগী শেনশিংজু লৌশিল্লগে হায়দুনা মরুপকী নাক্তা লাক্লে। অদুবু মাগী মরুপ অদুনা বারী কয় তুম্বদি শারবন্ত শেনফমদগী মরমদদি র' মচেৎ অমফাওবা কাপ্লখোকলক্রে। মমেংজদা পাঙ্গাতুম মাগী শেন লৌশিনজরবা নৌংশিংলে. অদুবু অহানবদি পূকচেল কত্ত্রগা মরুপনা করিম্ভ খঙদবা শাতুনা বা হায়বত্তা নত্তনা পাঙ্গাদুবু লৌনমা থীরৈহংনি হায়না হার-ক্লিনবীতুনা ময়ুমদগী তাম্বোকলক্লে। উপাই লৈতবা পাঙ্গা অদু ফম্বঙদুদা নিংথৌগী মতেং লৌনবা আকবরগী দরবারদা লাক্তুনা বাকৎলরে। মাগী বাকৎ অদু তারগা নিংথৌনা বীরবলদা বিচারম শিননরে। কৈরিবা মন্ত্রী পুন্সনা মচৌবা খোল্লুবন্তু মবুকমুংদগি হল্লকী বিচারসি বীরবলনা তৌবা ঙমলোই অমমুং মতুনা মারু শাথীনা ইজজৎ মাঙহল্লবনি হায়তুনা হুংজাইনখি।

নিংথৌগী যাথংনা পুক্কচেল কল্লবা মুপাহুনু কৌহল্লুরে। বীরবলনা হংই।

— তীর্থ চৎলমদাইদা নঙগী মরুপসিনা পঙ্কোন্দা সনা মুহর লৌশিং অমা পীরমল্লা?

— পীরমদে হুজুর। মহাক শাথীনা কল্লবা মীনি। মীরৈহৎনি।

— অদুদি, মুপা নঙদি নঙনা তীর্থ চৎলমদাইদা নঙগী মরুপসিদা পীসু পীরমদনা অদুক য়াম্বা সনা মুহর লৌশিং অমা খনম্মী হায়রিবসি করিগীনো।

— অশেংবনি হুজুর! ঐগী কনাসু লৈজদে। মাবু শিশক শিকলিহৈদগী তিন্নরকপা মরুপনি অমসুং মুহলোম্নবনি হায়দুনা থাজবদগী অদুক য়াম্বা শেনকমদু শিন্নরম্মনি। অদুবু পুকচেল কল্লবা অসিনা ঐবু মীরৈহৎ জাহল্লে।

— নঙনা শেনদু পীবদা সাক্ষি অমত্তসু লৈতবরা?

যাত্রিক অদুনা খোমা কনা খুম্মকই —

— লৈ: ইবাম্ম শেন খিনবা মকম অদুমক্তা শেংলবা থৈবোং শাম্বী অমা হৌই। মদুনা ঐখোয়গী সাক্ষিনি।

তিল্লিবা মীয়ামদুনা চপ মান্নবা হৌনা নোকই। উপাম্বীনবু সাক্ষি ওইবা হায়দুনা অয়ূপা অমগা লাউনরদুনা নোকখৈ। বীরবলনা য়ুখোয়গী বিচারদু মথংগী জুমিত্তা তৌগনি হায়দুনা রৈখোকলে।

নোং জানবদা অঙকপা বিচারদু হৌরে! বীরবলনা,

— চৎলো যাত্রিক, নঙগী সাক্ষিদু কৌরু চৎলু।

মহারাজা হৌনা লোকই উ পাম্বীবু সাখি ওইহনবা কৌরুচো হোরবা ভাবদা। বীরবলগী লৌশিংগী মতং কমদৌরগবা খল্লুনা মিংথৌরেলম্বু ওকচাননা য়েংলুনা লৈ। অয়ুকী মতমদা হায়বসি চাপ্লিহৈদগী চংখিবা মুপাহ্ হললকপ্রা হললক্তে, হললকপ্রা হললক্তে, মমামসি চাইবা তুমরক্লে। মী হায়বসিমক্তা বারেম ওাংহনা লৈথোকলবদি পুংজা কয়া হৌহনখিবা থংনদে অদুবু চাইবীনিবু হায়বা ভাববদি মিনিট ৫ শুনা চাইবা হৈনগদে। মতমদুগী মীশিংদম্ভ অদু মশ্লাই। মচীন খর থীবা মীনা মারক্তা থংদুনা চাঙবা হৌরকই, খর অমনা কয়া য়াম্না লাপ্না মকয়নো হায়না হংনৈ। অথঙবা কনা অমত্তা য়াওদবনিনা পাউথুম নৈতবা মাহং ওইদুনা মতোকই। অম্মা চাইবা ভনবদগী হয়খিবম্ভ য়াওনব্রে, মী খরত্ত ভায়শিল্লকলে। বীরবল,

— মীয়ামসি ওহোক্লা বানরে মানা লায়রিবা উপাম্বী হোরবত্তবু কয়া লাপ্না মকথদনো, খঙনবরা নহাকপু ?

ইথন খল্লহৌদনা মুপাডুনা থুম্মকই— "পঙলাপ লাপ্নদি হক্তে, ঙসাইনা হললকপা য়ারবনিদ্রা"

— বিচার লোইজরে জহাঁপানাহ !

মীয়াম ইথক চক্রিরিংও, তীর্থ যাত্রীক পাপ্সা, মীয়াম মরক্তগী চোংখোরকই। পূকচেল কত্রবা মকপ্না শেন শিংবগী মাই কংই।

আকবরনা বীরবলগী হৈ-শিংববু থাগৎখি।

